# মীতৈলোনগী অনিশুবকপদা

# তম্বা লাইরিক।

তিন্‌শিন্‌বা ময়েক্‌।

## ্য যফলা।

ক্য খ্য গ্য ঘ্য ঙ্য, চ্য ছ্য জ্য ঝ্য, ট্য ঠ্য ড্য ঢ্য ণ্য, ত্য থ্য দ্য ধ্য ন্য, প্য ফ্য ব্য ভ্য ম্য, য্য র্য ল্য শ্য, ষ্য স্য হ্য ক্ষ্য।

ক ্য ক্য,—ক্যাপ, ক্যাম্। ক্যাম্‌দৈ মতোন্‌দা থুংলাই ফিজেং লোংবি।

---

## রফলা।

ক্র খ্র গ্র ঘ্র ঙ্র, চ্র ছ্র জ্র ঝ্র, ট্র ঠ্র ড্র ঢ্র, ত্র থ্র দ্র ধ্র ন্র, প্র ফ্র ব্র ভ্র ম্র, শ্র ষ্র স্র হ্র।

ক র ক্র,—কেক্রু ক্রুক্‌ ক্রুক্‌। ময়া ক্রক্‌ ক্রক্‌ চিক্‌না ঙাংবা ফংতবা মীনি।

খ র খ্র,—হৈখ্রে, পৈখ্রে, পীথোক্‌খ্রো। পীথোক্‌খ্রবা পোং অমুক্‌ লৌশিন্‌বা হৌনদে।

গ র গ্র,—হৈগ্রেং, থংগ্রো। হৈগ্র চারগা ঈশিং থক্‌পা থুম্‌ই।

ঙ র ঙ্র,—ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংবনা অঙাংগী হৌনবনি।

জ য জ্র,—মৈজ্রাও, মোংজ্রোং। ইতোম্দা শিগে নিংলবদি, হৈজ্রাংনস্থ খিলহৎতুনা শিগে যাই।

ত য ত্র,—ত্রক্, মৈত্রম্। মীবু থক চোত্রা খোক্না হায়গনু।

থ য থ্র,—চাইথ্রক্পা, পিথ্রাই। কজবা লৈ অমসুং চাং দোনদগী চাইথ্রক্পা ঔশিং য়েংবগী পেনবা নাইদে।

দ য দ্র,—চুমদ্রা, চাংদ্রে। খড্রবা মীবু খণ্ডনবা তাক্পিয়ু।

---

লফলা।

ক্ল খ্ল গ্ল ঘ্ল ঙ্ল, চ্ল ছ্ল জ্ল ঝ্ল, ট্ল ঠ্ল ড্ল ঢ্ল, ত্ল থ দ্ল ধ্ল, প্ল ফ্ল ব্ল ভ্ল ম্ল ল্ল শ্ল স্ল।

ম ল ম্ল,—ম্লাবদ, চাম্লগা। তুম্লবদি অশিবগা পাংথক্নি।

ল ল ল্ল,—ফুল্লো। তৌরবা থবক তল্লে হায়দুনা কৈদনা তোক্পা হৌনদে।

---

বফলা।

ক ব ক্ব,—ক্বাই, কাকোক্। কাক্ লৈতবা লম্দা নোংজানদবা লৈতে।

খ ব খ্ব,—খ্বাই। খ্বাংদা নিংশংলবা কুপী তম্দা লৈবনি হায়না থংগনি।

গ ব গ্ব,—গ্বা চামল্লবস্থ লৈ-য়া শোক্ই।

---

নফলা।

ক্ন গ্ন ঘ্ন দ্ন ধ্ন ন্ন, ম্ন ম্ন শ্ন স্ন হ্ন ক্ন।

ন ন ন্ন,—স্নবা, কান্নবা, খেন্নবা। মরম ওক্নবদা চন্নবা লৈতে।

প ন প্ন—তপ্না, কপ্না। তপ্না তপ্না তৌবা থংক্তি শিন্দি [illegible] হায়ববু থবক্তি চংখোল্লি।

ম ন ম্ন,—ম্নাম্না, ওম্না, শম্না, পূম্নমক্। হম্নম মথাক্ লাংথুং মথাক্, মৈগী মথাক্, লৈহৌরবদি মমৈংন্না তুম্না মংঙুই।

---

## মফলা।

ক্ম খ্ম গ্ম ঘ্ম ঙ্ম, চ্ম ছ্ম জ্ম ঝ্ম, ট্ম ঠ্ম ড্ম ঢ্ম ণ্ম, ত্ম থ্ম দ্ম ধ্ম ন্ম, প্ম ফ্ম ব্ম ভ্ম ম্ম, ল্ম শ্ম ষ্ম স্ম হ্ম ক্ষ্ম।

ম ম ম্ম,—ইতোম্মত, থুম্মুক। ইতোম্মতা, তেগদবা থবক্ ইতোম্মতা তৌগনি।

---

## রেফ [অর্কফলা]।

র্ক র্খ র্গ র্ঘ র্ঙ র্চ র্ছ র্জ র্ঝ, র্ট র্ঠ র্ড র্ঢ র্ণ, র্ত র্থ র্দ র্ধ, র্প র্ফ র্ব র্ভ র্ম, র্য র্ল র্শ র্ষ র্স র্হ র্ক্ষ

র ক র্ক,—কর্কক্ ইন্শিন্না থবক্ তৌগনি।

র জ র্জ,—থূর্জী পাইবদা শংগাল্ তোংবা হৈ হৈতে হেক্ মথঙুই।

র ফ র্ফ,—হোর্ফু, কোর্ফোল্ লায়রকোন্নি।

---

## মস্তক অনি তিনথুবা।

ঙ্ক ঙ্খ ঙ্গ ঙ্ঘ ঞ্চ ঞ্ছ ঞ্জ ঞ্ঝ ণ্ট ণ্ঠ ণ্ড ণ্ঢ ন্ত ন্থ ন্দ ন্ধ ম্প ম্ফ ম্ব ম্ভ।

ঙ ক ঙ্ক,—ডঙ্কো। মঙ্কারক্পদা কনাগী পুক্রিং হরাওই।

ঙ খ ঙ্খ,—শঙ্খো। শাউহনা পোং কংখাইরম্দাইদা ঐ শাউরমাগ্নে হায়না রাথল তৌবনা মতিক্ ওই।

ঙ গ ঙ্গ,—অঙ্গাং, শঙ্গু। নুপাগী তেঙ্গাং, নৈপাগী তেঙ্গোং অনি অহুদা হাপ্পা ঈশিং মহাও লেপ্পাদ্রে পাঙ্গল্ নৈতবা মীবু পাংবিপ্পা হৌবৈ।

ঞ চ ঞ্চ,—লঞ্চু, মঞ্চু। পঞ্চিরম্‌দাইদা নিংশাইগনি।

ঞ জ ঞ্জ,—পাঞ্জল্‌, চঞ্জোল্‌। শাউরগা হঞ্জিন্দুনা কম্‌কম্‌দা কম্‌হনা ব্রাথল্‌ তৌগনি।

ন ত ন্ত,—কন্তক্‌, তন্তক্‌। পেংনা পেংনা মন্তিক্লবা লমচং থন্তবনা হৌনদে।

ন থ ন্থ,—তন্থা, শেন্থা। কমুং মুমিৎথুদিং কন্থোক্‌পা হৌনৈ।

ন দ ন্দ,—মপান্দা, শন্দোক্‌পা। হন্দক্‌ তৌগদবা থবক্‌ হন্দক্‌ তৌথে কৃউ।

ম ফ ম্ফ,—শম্ফবা, লম্ফেল্‌। তম্ফা অতাঙবা পোংনি।

ম ব ম্ব,—লম্বেল্‌, তৌরম্বা। ব্রায়ী শাহুনা চংলগা লম্বেল্‌ তেম্লি।

---

ক্ক ক্স ল্ক স্ব দঘ শচ শছ জ্জ জ্ঞ ষ্ট ষ্ঠ ষ্ণ স্ত স্থ ব্দ ব্ধ হ্ন ম্প ম্ল ম্ফ ক্ষ ম্ব ম্ভ। ল্ক ল্প ম্ন গদ দ্ধ চ্ছ্র দ্ধ ড্গ ত্ত ক্ত প্ত ক্ষ।

ক ক ক্ক—থোক্কদবা, মথক্কী, মহাক্কী, তক্কদবা, শুক্কদবা মী অমবু থক্‌ তুক্কচবা হৌনদে।

ত থ ত্থ,—কত্থোক্‌পা, চত্থোক্‌পা, পত্থবা, পোত্থাবা। কত্থোক্‌পদা ময়েং তাদবদি মহৈতনি।

প প প্প,—তপ্পা, কাপ্পা, হাপ্পা, চপ্পা। অরেপ্পা লৈতবা মীগা থক্‌ তিন্নগনু।

ক ত ক্ত,—নোক্তে, তোক্তে,। কুম্মৈ য়াম্না তৌরবসু থক্‌ নোক্তে।

ত ত ত্ত,—ফত্তবা, নত্তবা। ইতত্তত্না তৌরশদা থবক্লা শাংবা ওয়েদে।

প ত প্ত,— তপ্তাবা থঙদনা কদৌঙৈদসু হায়গনু।

## মখেক অহুম তিনগ্নবা।

ঙ্গ্য ক্ত্র ব্দ ন্ব র্দ্ধ ম্ব ন্ত্র ম্থ ন্দ্র ম্প্র ন্ত্র ষ্ট্র ক্ত্র ম্প্র ন্ত্র প্ত্র।

ঙ গ য ঙ্গ্য,—থঙ্গ্যে, মঙ্গ্য কঙ্গ্যাইবী। কেংঙ্গ্যেদগী মুক্তা থোকই।

ক ত র ক্ত্র,—কন্নক্ত্রি, পন্নক্ত্রে। মীবু কন্নক্ত্রবদি তাইবংদা পানবা মপুনা য়াইফনবা শেম্বি।

প ত র প্ত্র,—তপ্ত্রবদি, চপ্ত্রে। চনিংনা তপ্ত্রবসু ইকাইবা নংই।

ন দ র ন্দ্র,—পন্দ্রি, শন্দ্রি, ফুন্দ্রে। থবক্না পন্দ্রিগদা লোইননবা লাক্লগদবা ওই।

ন থ র ন্থ্র,—লিংজেল মান্নবনা ককচেংনসু অচৌবা তিন্থ্রোক পুহনা চংলি।

ম প র ম্প্র,—চম্প্র। মশক্ খিন্নবসু মগুণ লৈবা হৈনি।

---

## মন্নমচৎ ফজবা অণ্ডাংবু খ্বাইনা নুংশি।

লমচৎ-ফজবা অমসুং কৌশিংশিংবা অণ্ডাং মচানা মতম লৈবখিবিক্তা লাইরিক-লাইশু তৌই, নুখিৎচুপ্পা শাননহনা কোয়দে। পারাগী মতমদা, মানা পারা হায়বগুম্না অতৈ কনা অমত্তসু ওমদে। মন্নম অসিনা, ওঝা ইবুংঙোনা মাবু য়াম্না পেল্লি। মা কদৌউৈদসু ফত্তবা থবক তৌদে, অমসুং ফত্তবা য়া মচিন্দা পন্দে। গুরুজনা মাঙোন্দা হায়বা অহুতা তৌই, কদৌউৈদসু মাখোইগী য়া ইন্দবা তৌদে। মাবু তৌগনু হায়না খাম্বা থবক অহু মা কদৌউৈদসু তৌদে। মন্নম পূন্নমক অসিনা মাবু খ্বাইনা চাল্লি।

## মীগী মপোক্ পাম্নগনু।

সেংমা হুন ছুটি থাগ্রগা অঙাংমচা পুম্নমক অনম্মম হমংখ্রে। গোপাংশি শ্বাইগী চতুদা মথাদা বুরুথরকপদা থাকী নংবা অংদা সনাগী ফিকপয়েং অমা তাহনা লৈবা উঁয়ে। মানা লিকপ.য়ং অত্থু থুস্তা লৌখংলহুনা মওন-মওম থমরকই, "কনংগুংবা চেংকশিন্দবা অঙাং অমনা লিকপাংগ় অসি হুন্দারম্নাংখ্রে। হৌজিক ঐনা, অসিনা করি তৌসিবা! থোঙশংবগী মকমদা থনমহুনা চংলবসু, কনানা থঙগনি, মানা মী পিশক্লিনা সংবা পাম্বনা ভুংদা খুপথিবা য়াই। মরম অহনা ইমাগী মকমদা পুহনা চংলগে। মহাক্না তৌ হায়বা অহুতা তৌগে।"

গোপালনা মমুমদা লাক্লগা অহানবমক্তদা মমাগী থনা[illegible]সুং লিক অদু উত্তুনা হায়, "য়েংউ ইমা! কনা[illegible]অঙাং অমনা লাইরিক তম্মমথংদা লিক অরি [illegible]চংখ্রে। এঃ! মমুম য়েরগা মানা য়ায়া রারিগনি। মমা মপানা য়াম্না চৈথাংলরিগনি, অতৈমা, অপঙবা অংসুং চেংকশিন্দবা হায়হুনা য়াম্না থীনা ভাংনরিগনি। ওয়োকপনি! মাখোই পুম্নমক্না মপুক্লিংদা লিকপয়েং অসি অমুক হম্না কংলরোই, মকম কনাইদা ভাহৌরিগবা, কনানা যংলরিগবা মকম থঙ্ম্রে হায়না থম্মরিগনি। য়েংউ ইমা! মতম অসিদা ঐনা মখোইদা লিক অসি পীরুবা ওম্নবদি মাখোই কম্না হম্নাওগবা।"

গোপালগী মমানা মাগী মপুক্লিং থঙনংবগীদমক হায়রকই, "লিক অসি অমুকহম্না মাখোইদা পীররোই।

নংনা ফংবনিনা, হৌজিক্তি লিক অসি নংগী ওইরে।” অসি তায়রদুনা গোপালনা খুম্মকই “নত্তে ইমা, মাসি মীগী মপোৎনি, ঐদি কদৌঙৈনস্থ মাসি লৌয়োই। অম্মুমৎতৌনা মীগী মপোৎ লৌরবদি হুমানবা থোকই। লিক অসি মপুদা পীবনা চুমই।”

গোপালগী মচিন্দগী ৱা পুন্নমক অসি তায়রদুনা, মমানা য়াম্না হরাওরে, অমস্তুং গোপালবু মতম্বাক্তা পমদুনা, চুমদুনা হায় “হে অঙাং গোপাল! নংনা লৌশিং অস্তুপ তারে, মীগী মপোৎ লৌবা হৌনদে হায়বা নং খঙ্গে। করে ইবুংঙো, লিক অসি ঙসিদি ঐঙোন্দা লৈয়সনু, হয়েং অয়ুক স্কুল চৎলমদাইদা পুদুনা চৎলু, অমস্তুং নংনা কয়মতৌনা ফংলকপা হায়বা অদু তমদুনা লিক অসি ওজা ইবুংঙোগী মখুত্তা পীক্ল। মহাক্না লিকী মপু থিদুনা লিক অসি পীবিখিগনি।” মতুংগী মুহিং অদুদা গোপালনা মাদুমক তৌরে। মাদুদা লাইরিক তম্বমশঙ্গী মী পুন্নমক্না গোপালবু য়াম্না থাগৎনবা হোরে।

---

## মিত্তাঙ্বা মীবু থৌজানবিগদবা ওই।

রাখালনা মমাদা হায়রকই, য়েংউ, ইমা! ঐখোইগী কোম্হেংদা অহল অমা ল’ক্রে। মা মমিৎ পুমত্তাঙ্ তাঙ্ই, মমিৎ অনিমক য়াওত্রে, করিস্থ উদে; অঙাং অপিশক অমমা মখুৎ পায়দুনা পুরক্লি। মাগী মশা য়াম্না ময়াঙ্ কংলে, ফিস্থ শেগায়রবা অমতা শেৎলি, মাদুস্থ য়াম্না মোৎলে। অহল অদুনা ঐখোইগী থোঙ্জিন্দা থুংবা মতমদা,

ঐনা মনাক্তা লেপ্পুই, অহুস্থ মাদি খঙদে। হো ইমা! মাদি করিস্থ উৎ্রবরা? অদু ওইরবদি মহাক্তি য়াম্না য়াবা তারে। মিস্তাংবা অসি ময়াঙ অস্থুপ কংবা করিগীনো? মহাক্তী চানিঙাই লৈতব্রা? মহাক্তী ফি অফবা লৈতব্রা?

রাখালগী মমানা খুম্লকই, নত্তে ইবুংঙো, মিস্তাঙবা অসি য়াম্না অৱাবগী মশক্তি, মাদি কদাইদগী ফংগদগে?

রাখালনা অমুক হায়রকই, করে, কনাগুম্বা অমগী ময়ুমদা করিগী চাকরী (শিল্পংবা) তৌদবগে? অদু ওইরবদি অস্থুক য়্বারোইদবনি।

মমানা হায়রকই, হা ইবুংঙো! করমতৌনা চাকরী তৌগদগেনে? মনিস্তাংলবা মীগীদি করিস্থ লৈত্রে হায়বা য়াই। মিং হায়বা অসি মীওইবগী অথোইবা লম্ম। মিং লৈত্রবদি, মীওইবনা ইউ-উদে, করিগুম্বা থবক অমত্তস্থ তৌবা ঙমদে। মাদুদা অমুক মী অসিদি অহলস্থ ওইরে। মাগী শেংন-চানবা পীবিনিংঙাই কনাস্থ লৈতে হায়না নিংই; মরম অদুনা থোঙজিন থোঙজিন্দা চাক নিদুনা, য়ানা মতম লেপ্লি।

রাখালনা হায়, হে ইমা! অদু ওইরবদি, মাবু ফি অমগা পৈশা মরিগা পীবিয়ু।

রাখালগী অসিগুম্বা থোজাল অসি উবদা, মমানা য়াম্না হরাউরে, অমস্থং মিস্তাঙবা অদুদা পীনবা হায়দুনা ফি অমগা পৈশা মরিগা রাখালগী মখুত্তা পীবিরে। রাখালনা ওমথৈ লৈতনা হবাউরদুনা ফি অমস্থং পৈশা অদু মিস্তাংবগী

মথুত্তা পীরে। শিত্তাঙ্বা অহুনা ফংলদুনা হল্লাউনা মথুৎ থাগত্থুনা বর পীনা পীনা হনখ্রে।

---

## মীনম্বা ৱা হায়ৱদি থোইদোকপা মরানগী মশক্লি।

মতম লৈবা থিবিক্তা মীনম্বা ৱা ভাংবা অভাংগী মৱাদি মপা মমা মরূপ-মপীজা-চিংবা কনা অমত্তনা থাজদে। মানা বরিগুম্বা মতমদা ইচুম চুম্বা ৱা হায়রবস্মু, মাহুমক মীনম্বনি নিংহুনা, খ্বাইনা মাগী মৱা লৌবিদে। মীংম্বা মীনা, মীনমহুনা, অমুক অনিরক নত্ত্রগা অহুমক হিংবা য়াই। তৌইগুম্বস্মুং অমুক্তং ফারংদি, কনানস্মু মাগী মৱা অমুক থাজ্রদে।

হরিহর কৌবা অভাংমচা অমনা ওঝা ইবুংঙোদগী, ইমা নারে হায়হুনা, মীনমহুনা মরক মরক্তা ছুটী নি। নোংমগী সুমিত্তা মগী মীনম্বা ( মতাং ) অহু ফারে। ওঝা ইবুংঙোনা অহুদগী হোৌহুনা, মাবু অমুক ছুটি পীবিদ্রে।

মীংম্বা অভাংমচাবু কনানস্মু সুংশিদে। ওঝা ইবুংঙো-শিংনা মাবু তুক্কচৈ করি অমুক হায়গনি, মানা থোঙজিন থোঙজিন্দ', কপুগা কোয়রবস্মু মাবু কনানস্মু থৌজানবিদে

কৃষ্ণদাস কৌবা শঙ্গেন্নহা অমনা করিগুম্বা নারক অমগী মনাক্তা শনশেল্লি। নোংমা সুমিৎ অমা, মানা কুমৈ য়েংগে হায়দুনা, হে ইচিন ইনাওশা! নথোই কনা কনা কদাইদা

লৈবগে, চেনশিল্লকও, ঐগী শম্লুপ্তা কৈ চঙ্‌লে, হায়দুনা তাং তৌদুনা লাউবা হৌরক্লে। মনাক্তা লৌউবশিংনা লৌ খোইদুনা লৈরম্মী ; শঞ্জেম্নহানা লাউয়কপা অদু তারদুনা মাখোই পূম্নমক চেনশিল্লক্লে। কৈ লৈভবা, অমস্তুং অত্তাং অদুনা থিক থিক নোক্লকপা অদু উয়ে। মতম অদুদা মাখোইনা শঞ্জেম্নহাগী ফাগিনি হায়বা অদু খঙ্‌লদুনা চৈরচৈয়দুনা চৎখ্রে।

লাইগী নোংদমদগী, নোংমদি থাঙ্গৈশেংনা কৈ লাক্লত্রনা শম্লুপ্তা চঙ্‌লক্লে। মতম অদুদা শঞ্জেম্নহা অদুনা কৈ লাক্লে হায়দুনা হম্না হম্না লাউয়ক্লে। তৌইগুম্বস্তুং মুখিৎ অদুদি, কনাস্থু লাকপিদ্রে। খ্বাইনা মপুক্তা শঞ্জেম্নহানা তাং তৌদুনা, কৌন্নিবনি হায়না খল্লে। কৈ অদুনা শম্লুপকী শল হাৎলম্লগা মীনম্বা হায়বা শঞ্জেম্নহা অদুগী মঙকশম থুদেক্লুমা চৎখ্রে।
মরম অসিনা য়েংউ, মীনম্বা হায়বা অসি কম্না লানবনো।

---

## হূন্নানবা।

য়েংউ, গোপাল ! কুচু ঙৌবা, পাখং অমা মখোঙ্‌দা ম্নোংহিং থাংদুনা, লৈগাক তৌদুনা লম্বী খোল্লিবা অসি কনানো, নং খঙ্‌ব্রা ?

মন্নাইবকথোবা মুপা অসি নখোইগী স্কুলদা লাইরিক তম্নম্মী। খ্বাইপূম্নমক্কা বুদ্ধি লৌশিং কৈ হায়না মাবু থাগৎনৈ। তৌইগুম্বস্তুং মুমিৎ খুদিংগী মাগা তম্মিন্নবশিংগী থাংমচান চংবা হূদুনা মমুমদা পুবনা নমই।

মাগী মমা মপানা থঙলবমক্তদা খামজিন্দে। মথং মথং কনাগুম্বা অমগী করিগুম্বা অকবা পোং অমা উবমক্তা মানা হূনিংবা হায়বা মাগী ফত্তবা পুকচেল অসি পোকখ্রে, খুদোংচাবা কংলগা মানা হুস্থ হূরাম্নি।

মুপা অহু নোংমা মুমিদাংবাইরম মণিমুক্তা য়োনবা দুকান অমদা থুংলুরে; মথল মথা অয়াম্বা পুক্লিংহূবা পোং মরাম শেমশাহন্না পয়েং পয়েং থম্বা অহু উরে। উবমক্তা মা য়াম্না হূরাম্লিংলে। মতম অহুদা মানা মাইকৈ অমরোমদা অমুক, অমরোমদা অমুক, কোয়রগা ভাঙ্গা ফংলহুনা, সনাগী ঘড়ী অমা হুরে। ঘড়ী অহু হূরগা হাথু হাথুনা মপান্দা থোকখিবমক্তদা দুকানগী মী অমনা মাবু ফারে, অমস্তুং নংনা ঘড়ী পুহুনা তুমিন-তুমিন্না চেল্লিবা করিগীনো হায়হুনা হংলে। হূরানবনা খুমই, ঘড়ী অসিদি নথোইগী নত্তে, ঐনা দুকান অমদগী লৈহুনা পুরকপনি। ভৌইগুম্বস্তুং অপঙবা অহুনদি ঘড়িগী মস্তুংদা মণি-মুক্তা-শূবগী মমিং হত্তুনা লৈব অহু খঙদে। দুকানগী মীশিংনা ঘড়ী অহু হাংদোক্কুনা মাঙোন্দা মমিং অহু য়েংহল্লে, অমস্তুং খুদক অহুমক্তদা হূরানবনি হায়হুনা লোয়শংদা থাখ্রে। রায়েল্লিবা অগুবশিংনা বিচার তৌহুনা দণ্ড অসি ভৌবিরে।

য়েংউ গোপাল, মরাইবকথীবা অসি হূরানবা তম্নম-ত্রবদি মাবু লাইরিক-লাইগু হৈবা অকবা মীনি হায়না শীংথানকমগদবনি, অমস্তুং মুংঙাইনা মতম লেনদা তম্নম-গদবনি। ভৌইগুবস্তুং হূরানবা তম্লুনা মাগী কম্না ফত্তবা দশা থোক্লবনো। হৌজিক্তি মাগী বা ভাংদনদবা য়োনা

হঙ্গোইবা পোক্রে। হুমাল্লবদি খ্বাইপূম্নংকীসু অসিগুম্বা দশা থোকই।

---

## ককচেং অমসুং হয়িংখোইগী অতনবা নৈলে।

হে অঙাং-মচাশা! নখোইনা ককচেং অমসুং হয়িংখোইনা নোম্বা অহু উরগা খঙ্গনি, তন্দুনা অরেম্বদা মতম মাংহনবদি মতিক ওইদে। য়েংউ, ককচেং হায়বা অসি য়াম্না পিকপা জীবনি; অহুম্বদি ওইরগা মাখোই ময়াম লৌচিং অমতা ওইনা, অমসুং য়াম্না কম্না নোমহুনা মাখোইগী নৈফম শাই। মাখোইনা অমুক্তসু ভন্দুনা পোত্থাদে; মতম নৈব-খিবিক্তা মচিঞ্জাক থিবা চংদে। করিগুম্বা মফম অমদা মচিঞ্জাক য়াম্না নৈবা উরগা ময়াম তিম্নহুনা অহু হোম্দুনা পুখি; অমসুং মাগী মাগী মহুমদা পৈশিন্দুনা থম্মি। মাখোইদি করিগুম্বা মতমদসু থবক শূদনা লেম্না নৈতে।

মতৌ অসুম তৌহুনা, হয়িংখোইশিংসু অয়ুক ভঙনবদগী য়াচংবা ফাওবা কোয়হুনা মখলমখা অয়াম্বা নৈদগী নৈোহ চুপই। ময়াম তিম্নহুনা য়াম্না নোমহুনা অসুপ ভক্লবগী মশক ওইবা মহুম শাই, মীমক্নসু মতৌ অহুগুম্না শাবা ভমগনি নিংদে।

---

## হূইদি মপু য়াম্মনা নিংই।

হে অঙাং-মচাশা ! নখোই পূম্নংক্না শা অমস্তুং উচেক্কী মরমচৎ পুক্লিং চঙ্না য়েংলবদি মাতুদগী পাউতাক য়াম্না তম্নিংঙাই লৈ। ঐনা তাখি, মী অমনা হূই অমা লোইরম্মী। মানা চৎপা মফম অদুদা হূই অদুস্তু ইতত্তত্তুনা লোয়রৈ। হূই অদু মপু য়াম্না নিংই। মানা মপুগী পোৎচৈ য়াম্না চেকশিন্না শঙ্‌ই।

নোংমদি, সুপা অদুনা লম্বী মপান্দা পোৎ ময়োম অমা থমদুনা, মাদু শঙ্‌নবা হায়দুনা হূই অদু থনম্মী। হূই অদু পোৎয়োম অদুগী মনাক্তা কমদুনা লৈরে। মরক অদুদা, মগম অদুদা গাড়ী অমা লাকুনা থুংলরে। গাড়ীরালা অদুনা হূই অদুবু চথোকসন্নু হায়দুনা খুদম তৌরকই। তৌইগুম্বস্তুং হূই অদুনা করিস্তু লেঙ্‌থোক্রে। শাক্তৈনা ফুবা হৌরক্লবা অদুফাওবা মা চথাক্রে; মপুগী পোৎয়োম অদু কোন্দুনা ফমদুনা লৈরে। গাড়ীরালা অদুনা অমুক পনবা তৌদনা হূই অদুগী মথকমক্তা গাড়ী থোখ্রে। হূই অদু কাংথোঙ্‌না তকুনা মথল্লাই থাখ্রে; অদু ফাওবা মপুগী পোৎ অদু থাদোকুনা চংথাক্রে!

---

## নোংশা।

নোংশা য়াম্না কল্লি, কনাবুস্তু কিদে। মরম অসিনা মীনা মাবু শাগী নিংথৌ কৌনৈ। য়াম্না ওলাংবা লৈবাক্তা মাগী পোকফম্নি। নোংশানা মপুক্তা নিংনা পোকফম থাদোক্কে। নোংশাগী মঙক্শমদা অথোই অথোইবা

অশাংবা মতু পাল্লি। মতু অসিবু মশোং কৌই। নোংশানা মনিংতৌনা মশোং অহু কাঙ্খৎহনবা ঙমই। নোংশাগী মশাগী মতুদি তকুপ তকুপই, লংই অমস্তুং ঙৌরবৈ। নোংশাগী মখোঙ্গী মতুদি ঙৌই। মখোঙ্দা অখোয় অখোয়বা, চাউর-চাউরবা, খোয়বা খুজিল পাল্লি। নোংশাদি খুহুপ মঙা তরুক শাংই, খুহুপ অহুম য়াংই। নোংশাগী মমৈ অহু খুহুপ অনি অহুম শাংই। ঙৌই-গুম্বস্তুং নোংশা অযোমদি অম্বুপ চাউদে, অমস্তুং মহাকী মঙকশমদস্তু মশোং পান্দে।

নোংশানা চারমদাইদ', তুরেল অমস্তুং লোকী ময়াদা হাপুং মরুমদ', তুমিন্না ফমহুনা লৈ। করিগুম্বা শানা ঈশিং থক্কে লাক্লগা, মানা খুদক অহুদা খুহুপ তন্না তন্নানিখোই লাপ্লিবৈদেগী, চোংশিনখিহনা শা অহুগী মঙকশমদা ডংরুই। অহুগা অমুক চোংবদা শা অহুগী মথক্তা তাবা গুমত্রবদি অমুকহন্না শা অহুবু লাকউদনা মাগী মকমদা হল্লকই। নোংশাদি য়াম্না লামহুনস্তু অপিকপা নত্রগা অশোনবা জীব কাহুনা চাদে। নোংশনা ঙংবদি থোইদোক্না অকিবগী মশক্লি। অহিংগী মতমদা তারবদি, থাপ্পা নোং খোংবগুম নিংই।

নোংশাবু য়োক্লবদি, অয়োকপা মী অহুগী খুহুম চল্লি; অয়োকপা মী অহুনা য়ৈরবস্তু নত্রগা য়াংল্লবস্তু খাঙ্ই। করি করিগুম্বদস্তু য়োক্লিবা মী অহুনা ময়া পায়হুনা, মমৈ চিংহুনা অমস্তুং ময়া মম্নুংদা মকোক থিংজিন্দুনা কুম্মৈ ঙৌই; নোংশানা শাহুদা শাউদে। ঙৌইগুম্বস্তুং লাম্লিবৈদা য়াইল্লবদি অয়োকপা মীগীস্তু অন্নাবা থোকপা য়াই।

নোংশাগী অশাউবদি য়াম্না অকিবগী মশক্নি। মানা শাউরবদি হিংকম নৈত্রে। বিলাত্তা কনাগুম্বা শীলংবা অমনা ইতত্তুনা নোংশা অমগা শারে; করি করিগুম্ব-দসু য়াম্না অৱাবা পীজনসু ওৎলি। নোংমদি অয়ুক গুম্তা, অকিবগী মশক ওইনা নোংশানা লাউরকপদা মনাই অহুগী মপুগী তুম্বা কাররে। মানা কাঙ্খল হাইদোকুনা য়েংলকপদা, নোংশানা মনাই অহুগী মথৱাই হাৎলগা মথবাক্তা কমহুনা নৈরম্লে।

নোংশা অমোম্না থা মঙা গর্ভ পুরগা অমুক্তদা মচা অহুম মরি পোকই; অমসুং য়াম্না খুবম থীবা চীংগী লোক্তা চত্তুনা লোৎলুই। মতুংদা কনাগুম্বা জীবনা খঙ্খিগনি হায়বগী চিংনবনা, মমৈনা খোঙ্গুল অহু মুখৎ-মুৎত্তুনা চৎলি। নোংশাগী মচাদি চহি মঙা তরুক তুরগা হাতম কায় [ মথোক কারকই ]।

নোংশাগী ফনবা তৌবিরবদি, মানা কদোৌইদসু মাহু কাউদে। রোম সহরগী মী অচৌবা অমনা মনাই অমবু করিগুম্বা মরাল অমদগী হাৎলুরো হায়তুনা য়াথং পীরে। মনাই অহুনা চেনখিদুনা নিউমিডিয়া কৌবা নৈবাক্ অহুগী চীং অমগী লোক্তা লোত্তুনা নৈরুরে। ইথঙ্ খঙ হৌদনা নোংমা মকম অহুদা নোংশা অমা লাক্লে। মনাই অহুনা নোংশা অহু উবদা য়াম্না কিরে। তৌই-গুম্বসুং নোংশা অহুনা মনাই অহুগী করিগুম্বা ফত্তবা তৌদ্রে; মাগী খুকউ মথক্তা মখোঙ্ নাম থাঙ্গত্তুনা মমাই ইমকমক্না মশা ক্লেক্লক্লে। নোংশা অহুগী মখোঙদা হিংথং অমা মুহুনা নৈবা অমসুং ঈগা নাইগা তারিবা

অহু মনাই অহুনা উরে। মাহু উরদুনা মানা মপুক্তা থম্লি, মরম অসিগক্তা নোংশা অসি ঐগোন্দা লাক্লমাল্লে। মতম অহুদা মানা নোংশাগী মখোংগী তিংখং অহু শম্তোকপিরে। নোংশা অহু নাবা করে, অমস্তুং অহুদগী হৌহুনা মাগী কান্নবা তৌরিবা মী অহুগী চানবগীদমক মুমিং খুদিংগী শা অমমম হাত্তুনা পুরক্লে।

মুপা অহু মী লৈতবা লম অহুদা মতোমতা লৈবা গুমক্তহুনা থরা লৈরগা মরৈবাক্তা হল্লক্লে। মনাই অহুগী মবুঙো অহু নিউমিডিয়া লৈবাক্তা শাভানবা চংলুই। মহাক্লস্তু মতম অহুদা নোংশা কয়ামরুম পুহুনা মরৈবাক্তা হল্লকই, অমস্তুং চেনখিবা মনাইস্তু মরৈবাক্তা হল্লক্লে হায়বা ভারদুনা, মাগী মমাংথৈগী মরাল অদু নিশিং-লক্তুনা "ঐনা ফাহুনা পুরক্লিবা নোংশা ময়াম অসিগী মরক্তগী অমগী ময়াদা মাবু হুশ্লু" হায়না দগিগী য়াথং পীরে। মনাই অহুনা নিউমিডিয়া লৈবাক্তা চৌংগী লোক্তা লোংলুদুনা লৈরিভৈদা মখোঙ্দগী তিংখং শম্তোকপিখিবা নোংশা অহুস্তু ফাহুনা মফম অহুদা লৈরম্মী। মনাই অহুগী লাইবকফবা মরম্না নোংশা অহুগী ময়াদা মাবু হুশ্লিল্লে।

নোংশা অহুনা মাগী ফনবা তৌখিবা মুপা অহুনি হায়বা খঙ্লহুনা হুইগী মতৌগুম্না মহাক্কী মখোঙ্ ময়াদা ওনথোইরুরে, অমস্তুং হুরাউনা মমৈ হাইর-হাইরদুনা মহাক্কী মশা লেক্লক্ল। মাহু উবদা মী পুন্নমক্তা ভরুখ্রে। মনাই অহুস্তু নোংশাগী মশক খঙ্লহুনা মাগী য়ারী পুন্নমক খ্বায় পুন্নমক্তা লীরে। মাগী মবুঙোস্তু তৌন্নিবা

খোদৌ অহু মমিৎমক্কা উরহুনা ইঙক ঙাক্লে। অমসুং মপুক্কিং হরাউনা মনাই অহুগী মরাল ঙাকপিরে।

---

## শামু।

মখোঙ মরি পানবা জীবগী মমুংদগী শামুনা খ্বাইদগী হেন্না চাউই। অচৌ-অচৌবা শামুদি থুডুপ তরা ফাওবা য়াংই। ভারতবর্ষ অমসুং আফ্রিকাগী করি করিগুম্বা লৈবাক্তা শামুগী গোক্লফম্নি। মসিগী মশাগী মরুল অহু কল্লি অমসুং মকুৎ মতোংই। শামু পুম্নমক মৈথু মচুগুম্বনা নম্মি, অমা লৈবাক্তদি শামু অঙৌবা উবা ফংই।

মচকশম তেনবনা শামুদি মরূ লুকথবা ঙমদে; মনা-তোম্না অচাপোৎ ময়াদা লৌথংলি। শামুদি মনিংতম্না মনাতোন হাইবা, হুম্বা অমসুং লাম্বা ঙম্মি; মনাতোম্না অচৌ অচৌবা উশা পায়হুনা থুদ্রেকপা ঙাম্মি। লৈপান্দগী লৈ অমমম হেকপা ঙম্মি; লৈবাক্তগী শিংকি, অনা অসিন-চিংবা অপিক অপিকপা পোৎ থুজংপা ঙম্মি; উপাকথোঙ্গী পৌরোন অমসুং থৌরিগী কিশি থোকপা ঙম্মি। শামুগী মনাতোন মতোন্দা অহোবা মখুল লৈ, মাহুদা মুশা হোল্লি। শামুনা অহুগুম্বা অহোবা অহুনা ঈশিং লৈফমদগী ঈশিং চিংশিন্দুনা, ঈশিং থরনা মচিন্দা হৈজিন্দুনা থকই থরনা মশা পুম্নমক্তা চাইথেক্তুনা মশা ইংহল্লি।

শামুনা উশা-য়াশা, মহৈমরোং, মনামশীং, শজিক, চরু চাম, শনগুম্না শগুপ শায়দে, করিগুম্বা মফম অমদা অচাপোৎ য়াম্না লৈবা উরগা মতোমদা চাদে; মাগী শঙ্গু

কৌরুহনা পুম্নকই। শামু মরামদি মতমনৈবিবিকা শমুপ নাইনা লৈ। শামু শমুপ চংলা মফমদা, অমোম অমম্নুং মপাঙ্গল শোনবা শামুশিংবুদি মম্নায়দা লৈহম্নগা মাং-তুংদা অকল-অকনবা শামু অনি চংলি।

শামুগী মনাভোনগী নাকল অনিয়োমদা অচৌ অচোবা ময়া অনি থিন্দোকই। মমা মচু মম্না কম্নি। ময়া অহুনা শামুনা কৈ অমস্নুং অতৈ অতৈ শাবু কাংব্রেং লেংই। শামু ময়ানা উপু, উপুমচা, শমজেং, হমাই, চৌবরনচিংবা মখলমখা অম্নাম্বা পোৎ শানৈ। পোৎশিং অহু মমল য়াম্না তাঙ্না য়োম্নি। শামু অমোমগীদি অম্নুম ভৌনা ময়া অচৌবা হোদে। শামুগী চাইরুং অমমমদা ময়া মম্নি মম্নি তৌহনা অমুক ময়া নিপাল লৈ। মাহনা উশা-রাশা চায়। শামুগী মাংকোহুবা অচৌ-অচৌবা মনা অনি লৈ। শামুগী মনা অনি অহু ইতত্তনা লেঙহনা লৈ। মরম অসিনা মখিত্তা উষ্কুল-রাইফুস তম্নচিংবা তাদে।

শামুদি শগোলগুম্না কম্না চেনবা ঙমদে। তৌইগুম্বম্নুং শগোম্না অমুক অমুক চোংবদা চেনবা অহু মাহতনা থৌম-বদি শামুদি খোঙথাং অমমমদা অহুপ চংলি। মাখোইদি নিংখিজনা ইরেঈবা ঙম্মি; অচৌ-অচৌবা পোংয়োম মনঙ্গদা পুহনা ইরায় লায়না অচৌ-অচৌবা তুরেল লাম্দুনা চংলি; ঈয়োম্নমদাইদা মশা অপূম্বা ঈশিংদা লুপ্নগা মম্নুংশা হোম্নবগীদমক ম-াতোলতা রাংনা থাজংলি।

শামনা খোল সুংশিবা তাবা য়াম্না পামই; কম্নিগুম্বা মখোল সুংশিবা খোংবা তাবা মতমদদি হরাউনা ভাল নাইনা মখোঙ থাংহনা চংলি।

শামু অমোমদি অমুক্তা মচা অন্দগী হেন্না পোক্কে। শামু অমোমগী মথবাক্তা মখোম পাল্লি; মচানা মনা-তোম্না মখোম থকই, করি করিগুম্বদা মপীনম্ মনাতোম্না মখোম চুপথোক্লগা মচাগী ময়াদা ইনবি। অয়োকপা শামুদি মচা পোক্কে। অয়োকপা শামু উরিবমথৈ মীনা নারক্লগী ফাহনা পুরকপা ঙাক্কনি। চহি কুন্থ্রা শুরগা শামুদি হাতম মপূং ফায়। অয়োকপা শামুদি চহি চাম্রগা কুল নত্রগা কুন্থ্রা ফাওবা পুনশি। মাহুনদি মনিং মথা তম্না নারক্না নৈবা শামুশিংদি মাহুদগী হেন্না পুনশিরম্বা য়াই।

ভারতবর্ষগী মমাংঙৈগী নিংথৌশিংনা লুহোংবা অমম্বুং অতৈ অতৈ অচৌবা হরাউকুম্মেদা নিংথিজনা শেমশারগা শামুগী মঙ্গন্দা তাইবোং থাঙজহনা ঝামাং য়াম্না চাউনা চথোকই। মাখোইনা লানফমদা শামু পুহনা শোক্লে। হৌজিক্তি শামুনা লান শোক্লবদি চৎনদ্রে। হৌজিক্তি মাখোইনা লানগী পোৎচৈ পুহনা চৎলি; অচৌ অচৌবা তোপ চিংহনা চৎলি; নৈত্তোইদা নত্রগা ঈশিং তুংবা লমদা তোপকী কাংখোঙ্ য়ৈশিনথ্রবদি মনাতোম্না মাহু থাঙৎলি; মাংদা নারক-শিংলক নৈরগা মাহু নমথেক্লুনা লাম্মীশিংগী লম্বী শেংদোকই, তোর্বান্দা জাহাজ (মৈহি) শারগা শামুনা মাহু চিংথহনা ঈশিংদা তাউহল্লি। শাতানব-শিংনা শামুগী মথক্তা তোংহনা কৈনচিংবা য়েক্লবা শা তাল্লি। শামুগা লোয়নত্রবদি খুদোংথীবা লম্বীদা চৎপা য়াম্না য়াগদবনি।

শামুদি পাঙ্গল য়াম্না কল্লি। শগোল তরক নত্রগা হুপা কুম্মগানা লেঙবা ঙমদবা পোৎয়োম অহু শামুনা মক্তোমতনা ইৱারাদনা চিংহনা পুই। শামুদি অম্বুপ

চেকশিন্না হিথক্তা পোংচৈ থাঙ্গৎপা ওমই, মাতুদা পোং-য়োমগী মশাদা ঈশিং পক্তে; হিথক্তা তপ্না তপ্না পোং-য়োম থাংথহনা মনাতোম্না লেঙহনা য়েংই; করিগুম্বা পোং অহনা লেঙ্লগা, লৌশিং তৌহনা মথাদা ভাক্লৌ শীংচেপ ইনশিন্দুনা থম্মি।

শামুদি থাগৎপা নত্রগা চৈরবদি থঙ্ই। মবুংঙোগী থবক মতোম্লোম্না তৌরগা শামুনা মনা ফংগনি নিংই। কনাগুম্বনা ফননবা নত্রগা ফত্তনবা তৌবস্থ শামুনা থক কাউদে; থুদোংচাবা লাক্লগা মাতুগী লম্মল শিংই। শামুনা অভাং মুপী মুপামচাবু য়াম্না চাল্লি, অমসুং মাথোইগা শান্নৈ। কনাগুম্বা মীনা নোক্নরবস্থ থঙ্ই।

মতম অমদা সাহেব অমনা লৈবাক অসিদা অহানবা মৈহি অমা শাতুনা মাতু চিংথতুনা ঈশিংদা তাউহন্নবগীদমক মাগী শামু অমা শীল্লিন্নথি। শামু অতুনা হন্দোক হজিন য়াম্না চিংলে, ফনা হোৎনতুনস্থ মৈহি অতু চিংথবা ঙমদ্রে। মতম অতুদা সাহেব অতুনা শাউতুনা হায়রকই, "অসিগুম্বা থবক কাম্নদবা শামু অসি লাপ্না থাদোকখো; মাসিদি করিস্থ কাম্নদে; অফবা য়েংতুনা শামু অমা পুরকউ।" শামু অতুনা চৈবা অতু থঙ্লতুনা থুদক অতুদা মথয়াই য়াওনা অস্থপ কম্না ইন্থোক্লক্লে, অতুদা মকোকী লুকল কায়রে, অমসুং মফম অতুদা পে:প্ন-পে:প্নমক শিখ্রে।

মাহুৎ অমনা য়ু পিথক্নি হায়তুনা মাগী শামুবু করিগুম্বা থবক অমা তোনহল্লগা য়ুদি পিথক্লে। শামুনা

মখোঙ্ ময়াদা তুন্নরে অমস্তুং হায়রকই, "হে শাম্মু! নংনা ঐগী ইন্নাগী মথন্নাই হাৎলে; মরম অদুনা ঐখোইবুস্তু হাত্তোক্লো" শাম্মু অদু মপুক্লিং য়াম্না ন্নায়হুনা মচাম্নুপা অহল অদুবু মনাতোম্না মরেংবান্দা থাঙ্গংলে; হায়বদি মহাকমকপু মাগী মাহুৎনি হায়হুনা য়ারে। অদুদগী হৌহুনা অতৈ কনা অমত্তবু মনঙ্গন্দা তোংহনখিত্রে।

কনাগুম্না মাহুৎ অমনা লম্বী অস্তুম চৎলকপদা য়ুবী অমা ফংই, অমস্তুং মতম অদুমক্তা চানিংলহুনা মানা শাম্মু মকোক্তা হম্না হম্না ফুহুনা য়ুবী অদু থুগাইরে। মাহুদা য়াম্না নান্নবস্তু, শাম্মু অদুনা মতম অদুদা কন্নিস্তু তৌদনা তুমিম্না লৈরে। হয়েংগুম্না অদু কৈথেল্লোমদা চৎলকপদা শাম্মু অদুনা মনাতোম্না দোকান অমদগী য়ুবী অমা লৌরে, অমস্তুং য়ুবী অদুনা মাহুৎ অদুগী মকোক্তা কম্না থাবদা খুদক অদুমক্তদা মহাক মথন্নাই থারে।

মাহুৎ অমগী মতু অমনা মচা অঙাংমচাবু নাউশুমদা তুমহল্লগা শাম্মুগী মমাংদা থনমহুনা কৈথেল কায়। শাম্মু অদুনা মনাতোম হায়হুনা অঙাং অদুগী মশাদা কাঙ্. হুয়িং তোংহন্দে। কন্নিগুম্না মতমদা অঙাং অদু হৌহুনা কপল্লকবদি, শাম্মুনা মনাতোম্না নাউশুম থাঙ্গত্তুনা হাইহুনা হাইহুনা, মাবু অমুক তুমহল্লি। শাম্মু অদুনা অঙাং অদুবু চানবমক্তনা অঙাং অদু মনাক্তা কৈত্রবদি কন্নিস্তু চাদে।

কনাগুম্না মুপা অমনা শায়োকশং অমদা শাম্মু য়েংগে চৎলুই। মানা তল অমা মথুত্তা পায়ন্নহুনা শাম্মু অমগী মমাংদা মাবু পিজগদৌগুম উৎলি। শাম্মু অদুনা মাহু চাগদবগী মনাত্তোল লাঘথোক্লকপমক্তা মানা মথুৎ শন্ন

চিংশিল্লগা থিক থিক লাউনা নোম্লক্লে। শামুনা মাগী তাং অহু খঙ্লহুনা অশাওবগা কোয়ননা বম্না ফুম্লে, মুপা অহু মাগী নাকথংগী শরু থেক্লুনা লৈপাক্তা চুম্লে।

---

## কৈ।

কৈগা মাম্ননা হিংসা তৌবা অমস্থুং হাংকনবা শা অতৈ লৈতে। মাখোইদি মপাঙ্গল কনবা মরুম য়েংবদস্থু অকিবগী মশক্লি। নোংশাদি ওৎকরবা অহু নত্রগা, লামত্রবদি হিংসা তৌদে, কৈদি অহু নত্তে। মাখোইদি উরিবা শাগীমখৈ হাংলি। মাখোইদি থরাইপানবা হাংপগী পেনবা নাইদে। বৈনা মী উরগা কিদে। অকিবগী মশক ওইবা হিংসা তৌবা শা অসিনা মীগী ঈ য়াম্না পাম্মি।

কৈগী মশাগী মতুদি মেমানবা মচুনি, মশাদা মুশিল মুশিল মুনা মরী চেল্লি, য়েংবদা য়াম্না নিংথিজৈ। কৈগী মপুক্কী অমস্থুং মখোঙ্লোমগী মতুদি ঙৌই।

কৈদি শা পুম্নমক লাকই। করি করিগুম্বদা নোংশাবুস্থু লাকউই। মতম অহুদ মাখোই অনি য়াম্না কন্না লান তৌই অমস্থুং অনিমক শিমিন্নৈ।

কৈদি কদৌডৈদস্থু য়োকপা য়দে। মীনা কৈ কারগা য়োংকী পোনশুমদা থম্মি। নিতিগী মাগী মচিপ্পাক হল্লিবা মী অহুবুস্থু খুদোংচাবা ফংলগা মঙুকশম থুদেক্লুনা ঈ থকই। তৌইগুম্বস্থুং করি করিগুম্বা চহি য়ামদবা কৈনা হিংস' তৌদবা উখ্রে।

কৈদি ঈ য়াম্না পাম্মি। মাখোইনা করিগুম্বা শা অমা হাৎলগা অহানবদা মাহুগী ঈ থকই, তুংদা মশা চায়। করিগুম্বা থুগাই লাকখাইবা লাক্রুবদি হাৎলিবা শা অহুগী মশা মনুংদা মমিং ফাওবা থিংজিন্দুনা মপুক থম্না ঈ থকই।

কৈগী মশাদি অমুক কল্লি, শল শজিনচিংবা অচৌ-অচৌবা শাবু মচিম্না চেন্দুনা ইরা-রাদনা পাং, কোম চোংহুনা লন্দুনা চেন্নি, করি করিগুম্বদা চাউর-চাউরবা ইরোই য়োনা হাৎলগা মনঙ্গন্দা লংখত্তুনা পুহুনা চংলি।

কৈজাউদি নোংশাগা শাংবা অমসুং রাংবা মাগ্নে। ঙাইমবা কৈদি খুহুপ অনি রাংই। কৈদি শজি অমসুং লমওক চাবা য়াম্না পাম্মি। অপিকপা কৈগী জাত্তি খুহুপ অম-মখাইদগী হেম্না রাংদে। কৈদি য়াম্না কৌনম তৌই। কৈনা মীগী ঈ অমসুং মশা য়াম্না পাম্মি।

কৈদি ইতত্তুনা তোর্ব্বান্দা, মোংশোং মরক্তা লোত্তুনা লৈ। করিগুম্বা শানা ঈশিং থকপা লাক্লগা অকিবগী মশক ওইনা ঙংলগা চোংশিনথিহুনা য়াম্না বম্না মাগী মথক্তা তারুই। করি করিগুম্বদা খুল্লক্তা লাকুনা খাংবোক্তা অমসুং শঙ্গোনগী বেরা থুদেক্তুনা শল, মী, হামেং; য়াউ অফংবা অহু পুহুনা চংখি।

নোংশা অমোমগুম্বা কৈ অমোমসু অমুক্তনা মচা মরি-মম্বা পোকই। মচা পোকপা নৌরিবা কৈ অমোমদি য়াম্না হিংগা তৌই অমসুং অকিবগী মশক ওই।

করি করিগুম্বদা কৈবু ইখঙ্ খঙ্হৌদনা পহল্লনবা ওন্নবদি কিত্নুনা চেনখি। করিগুম্বা মতম অমদা সাহেব খরগা মেম খরগা সুন্দরবন্দা তুরেল অমগী মপান্দা উখাদা কমত্নুনা চা-থক্নুনা হুরাওকুম্মে তৌরম্মী। খঙ্হৌ-দনা কৈ অমা লাক্নুনা লাকদবগী থৌরাংদি তৌরকলে, অত্নুদা মেম অমনা মাগী ছাতিন অদু হাংদোক্নুনা কৈ অত্নুগী মমাংদা পায়রে। কৈ অত্নু কিরত্নুনা চেনখ্রে।

---

## শঙম।

অঙৌবা, উৎমানবা, অমুবা মচু অহুম অসিগী শঙম লৈবা উই। শঙম অঙৌবদি উল য়াম্না তাবা লৈবাক্তা পোকই। মাখোই অসি য়াম্না কল্লি; মাখোইগী মশা য়াম্না চাউই। মাখোইদি ঙা ঙাক্তা চাদুনা মথৱাই হিংই। অমুবা অমস্তুং উৎমানবা, মচুগী শঙমদি ইতত্তুনা লৈবা উই। মাখোইদি উতৈ ৱাহৈ অমস্তুং ফৌ-চেং চায়; করি করিগুম্বদা ঙা অমস্তুং শাস্তু চ'য়। মীনা চেন-খোক্লবা লৈতবা খুবম থীবা চীংগী লোক্তা মাখোইগী লৈফম্লি।

শঙমগী মশাদা কুংনা কুংনা অশাং-অশাংবা মতু হৌই; মরম অসিনা অইংবদা, মুংশিত্তা, নোংচুবদা অন্নাবা ফংদে। মাখোইগী কোইরপ কোইরপ কোয়বা পিশক পিশক পিকপা মনা পাল্লি, মমিৎ ইথু-খুই, মখোঙ্ অমস্তুং মফৈগল য়াম্না চকল চকল লাওই অমস্তুং কল্লি। মখোঙ্ খুদিংদা খোঙ্শা মঙা মঙা পানবনা মমাংথংবা মখোঙ্না মথুৎকী থবক তৌবা ঙম্মি। খুদোল্দা চাউর-চাউরবা থৌরবা

খুজিল পাম্লি। শওমদি মনা য়াম্না শিংই। মখোইগী মখোঙ্গেল লূমই, য়াকই অমস়ুং অকিবগী মশক্লি।

নোংজুথাগী মমৈদা শওমদি য়াম্না নোয়-পেল্লি। নিংরমথা চুপ্পা অসিবগী মতৌগুম্না তূমত্তুনা লৈ, করিস়ু চাদে। মতম অসিদা শওম অমোমগী মচা পোকই। শওম লাবনা থঙলবদি মচাশিং অদু চাথোকই, মরম অসিনা শওম অমোম্না মাবু থাদোক্তুনা করিগুম্বা অশুকপা লোকচংদা চত্তুনা মচা পোকই। মাদি থা মরি করিস়ু চাদনস়ু মচা মথোম পিথকই অমস়ুং য়াম্না সুংশিনা য়োক-থাকই।

শওম অমোম্না থা তরুক গর্ভ পুরগা হিয়াঙ্গৈগী মমৈদা অমুক্তদা মচা অনি-অহুম পোকই। শওমগী মচাদি অহানবদা ঙাংশং ঙাংই অমস়ুং পিগুম্না তুমক তুমই, মচিনগী মাইকৈতদা খজিক্তং তুমশোকই। অমিং কুম্নিপাম্নি ফাওবা শওমগী মচাদি মমিং পাংদে।

বসন্তগী মতম হৌরক্লবদা, শওম অমোম্না মচা পুত্তুনা মপাল থোরকই; থা মরি চাদবনা ময়াঙ য়াম্না কংই অমস়ুং অয়াম্বনা য়াম্না রায়; মরম অসিনা ইফিং ফিংনা মচা-অথক থি। মপুক লাম্বনা ফিংলত্তুনা, শওম অমোম্না উপাম্বীদা কাবগা উহৈ চায়; উপাম্বীদা কাবা মতমদা, মতুংগী মখোঙ্নুনা উশা পায়দুনা মমাংগী মখোঙ্না উহৈ হেকই। শওম অমোম্না থাংদ্রুপ চাবা য়াম্না পামই।

শওমদি য়াম্না সুংশিহৈতবা শানি, খজিক্তদা শাউগনি; অমস়ুং কনাগুম্বা মী অমগী মথক্তা শাউরবদি মাবু থুদক অহুমক্তদা খুজিন্না শেগায়, মতুংদা মমাংথংবা মখোঙ অনিনা

মতম্পাক্তা চিংশিন্দুনা অমুপ কয়া চপশিন্নি, অদুনা কারিন্না মীগী মমুংশা থিংজুনা থুনা শি।

শওমদি ফনা য়াম্না শিংই। শওমশিংনা কন্নি কন্নিগুম্বদা অহিংদা লৌবুক্তা ভাজুনা যব, গেহু অমম্ভু কৌ কোয়; অমস্তুং নৈপাক্তা য়েথোক্তুনা মরু,লৌথোক্তুনা চায়। শওমদি কন্নি কন্নিগুম্বদা থাজুনা হিন্নবা চন্নথোক পুজুনা চৎলি। মথোই অসি থোইহি চাবা অম্বুপ পামই, মাতুগীদমক মথলমথা লৌশিং ভৌই অমম্বা য়াম্না অন্নাবা থাংই।

অয়োকপা শওমদি য়াম্না ভপই; মাবু য়োক্লিবা মী অতুগী ময়াথং হিকভোক্তে। মীনা শওম য়োক্লগা মাবু চপভিংনা চংপা, জগোই শাবা, অমস্তুং কুমৈ মথলমথা ভৌবা ভম্বি, শওমদি টয়াই লাইনা হৈগন্দে। মরম অসিনা মুংশিহৈভবা মীশিংনা ভম্বিগদবগীদমক মাবু য়াম্না লাক্নে।

কন্নি কন্নিগুম্বা লৈবাকী মীনা শওম মউম্না কমু, শেৎন-ইন্নবা ফি অমস্তুং লুহুপ (টুপি) শাই, অমস্তুং উন মথক্তা চংপা শুম্ননবগীদমক থোড়ুউপ মথাদা থাই। শওমগী শিংলিদি নোংদান্নগুম্না লংই। মরম অসিনা মীনা শিংলি অতুগী মউম্না মিহুৎথোংগী য়ুথল শান্নে। য়ুথল অতু মণ্ডাল চংবা শুমই। অমস্তুং শওমগী মওকশমগী শরুনা মাথোইগী শক্তিক কান্নে।



## শামুগণ্ডা।

শামুগণ্ডাদি শামুদগী পিকই; তৌইশুবসু মপাঙ্গল অমসুং মথৌনাদি শামুদগী য়াম্মে। শামুগণ্ডাদি হিংসা তৌবা জীব নত্তে, অতুম্বদি ওইরবদা নিংথিনা য়েংকদবি য়াম্মে। করি করিশুম্বদা মানা শাওরকপদি করিশুম্বা খৌরোং অমা তৌদুনা মাবু তপথহনবা য়াম্মে। মীনা মৈহৌ অমদা শামুগণ্ডা অমা পুডুনা অমুক চংলম্মী। লমথাংদা করিশুম্বা মরম অমদগী শাউরদুনা মৈহৌ অদু থুদেকই। মতৌ অসুম তৌনা অমুকসু শামুগণ্ডা অমনা মৈহৌ অমা থুদেক্লমদুনা সমক্রন্দা লুপ্পুনা শিখি।

শামুগণ্ডাশিংনা লৈখোমদা লৈওন্দুনা শাম্নবা য়াম্মা পামই। মরম অসিনা মীনা হন্দোক-হঙ্গিল চত্তবা পাৎ, কোম অমসুং তোর্ববান্দা ইতত্তুনা লৈ। বাঙ্গলা, শ্যাম, খাগী, জাবা, লঙ্কা হায়বা লৈবাক ময়াম অসিদা শামুগণ্ডা পোকই।

শামুগণ্ডাগী মউন্দি অসুপ কল্লি, কৈগী থুজিম্মা থিনবা য়াদে, শা মু ময়ানা লেংফাৎপা য়াদে, কবাকথাংগী অখৌবা ময়ানা য়ানবা চংদে, নোংমৈ মরুনা কাওবা ওমদে। মাসিগী মথক্তা মচিনবাম্মা মথাগী মচিনবানগী মথক্তা য়াম্মদুনা লৈ। শামুগণ্ডানা মথক্কী মচিনবাম্মা অচাপোৎ ময়াদা লৌথংলি, অমসুং মনিংতম্মা মথক্কী মচিনবান অদু লামথোকপা অমসুং য়েংলোম ওইরোম হাইদোকপা ওমই।

মুমিৎ কুইনা লৈরগা শামুগণ্ডা অমোম্মা মচা পোকই। শামুগণ্ডা অমোমদি অমুক্তা মচা অমদগী হেন্না পোক্তে।

থা অমতা মণ্ডাইবা মচা অহুদি : য়ুংবদা ওক মাল্লি; ম তম অহুদদি মাগী মচৌ পান্দে. মতুংদা চহি অসুম য়াম্নক্রগা মনাতোন মথক্তা মচৌ অমা থিন্দোক্লকই। অতুবু শামুগণ্ডাগী মঁচ কৌই। শাঁমুগণ্ডাগী মচৌদি মতম অয়াম্বদা খুতুপ অনি, অনি মথাই শাংই।

শামুগণ্ডাদি শক্তিক অশংবা, মনামশীং অশংবা অমসুং মথল মথা অয়াম্বা মহৈমরোং চায়। চুনা খ্বাইদগী হেন্না পামই।

শামুংগণ্ডাদি মনা য়াম্না শিংই। কল্লিগুম্বা মাইকৈ অমদা কল্লিগুম্বা খোঞ্জেল অমা তারগা পুক্লিংচংনা মায়কৈ অদোমদা মনা থাঙ্গৎতুনা থমই। শামুগণ্ডাগীদি মনম খড়্‌বগী পাঙ্গলসু য়াম্না লৈ, য়েক্লবনা লাম্না লৈরকসু শামুগণ্ডাদি মনম্না খড়্‌ই। শামুগণ্ডাদি থাঙ্গশেংবা মমাংদা লৈবা পোং অতুতা মউঙ, নাক্তা কল্লিগুম্বা পোং অমা লেরবদি উদে। অকিবগী মশক ওইবা শা অসিনা জীব অমবু লাক্কে হায়বা মতমদা কল্লি অমতা পনবা তৌদনা ইচুম চুম্না তোংচিল্লি; মশানা ঈনবা অমসুং তকপনা উপাম্বী থুদেক্তুনা চংলে; অমসুং মমাংদা লৈল্লিবা পোংকী মখৈ মচা অতুনা কোক্তুনা হুন্দোকই।

শামুগণ্ডাগী মউম্না চুঙ্গোই শাই; মচানা ফল্ল ফরবা উপু মচা, তেঙ্গোৎ, ঈশিং হাপ্নবা পাত্র অমসুং শাম্নপোৎ শানৈ। আফ্রিকা লৈবাক্তী মীনা শামুগণ্ডাগী মশা পাম্না চায়। ঐথোইগী ভারতবর্ষদসু শামুগণ্ডাগী মশা শেংই হায়বা ফাওই। শ্যাম লৈবাক্তী মীনা মাগী মচৌ অসি হু চম্মী হায়তুনা চেকশিন্না য়ুমদা থমই।

শামুগণ্ডাদি শমাওমচাগুম্না খোংই। মখোইদি চাহি কুম্ক্ ভরী মরিফু কাওবা পুনর্শি।

---

## উট

আরব লৈবাক্কী কান্নবগীদমক উট অসি পোক্রম্বনি। আরবকী মীশিংনা মাগী মখোম থকই, মাগী মভূবা ইন্নবা কি অমসুং ডম্বুর শানৈ, মাগী মশা চায়, মতু মচা অমসুং কান্নবা পোচ্চে উটকী মনক্সন্দা হাপতুনা কোয়না চৎলি। ভাকুশিংনা লংকৈ চৎপা মীশিংগী মপোৎমচৈ পুম্নমক মুন্দুনা পুথ্রবসু মখোইদি উটকী মগুণতনা লাম্থোকই। মরম অসিনা উটনা আরবশিংগী মথৌ লৈভনা কান্নৈ।

আরব লৈবাক্কী মরুভূমিদি অকিবগী মশক ওইবা মকন্নি। মফম অতুদা পুথ্রী লৈতে, উরুম লৈতে, লৈপাক্কা নাপীসু হোদে; ম্বংখিবা মাইকৈ অতুদা মথৌ লৈতবা লৈঙোইগী মপৈতনা ফোঙ্ ফোঙ্ কাদুনা লৈ। নুমিৎমুংবগী মতমদা নুংশা য়াম্না শাগৎলকপদা লৈঙোই মপৈসু শাগৎলকই অমসুং মৈরিক্কা মতৌগুম্না লেঙোইসু নুংশিত্তা পাইদুনা লৈ; মতম অতুদা করিগুম্বা জীব অমতা মফম অতুদা চৎপা ঙমদে, পুকচেল তম্না, অরাবা থাংবা কনবা উটতনা মনাভোন মথক্কী মউম্না মনাভোনগী শোর হোনকম অদু কুপশিন্দুনা, মমিৎ উইশিন্দুনা, অসিগুম্বা মরুভূমি মথক্তা ইন্না-য়াদনা চৎলি।

শল অমসুং ইরোইগী খিবোংখাউ মরি লৈ, উটকীদি অদু নত্তে; মাসিগীদি খিবোংখাউ অমা হেন্না লৈ।

উটনা থাউ অতুদা সুমিৎ কয়ানিমরুম থরুবা ঈশিং অমুক্তদা হাপচিন্দুনা থমই, অমসুং মাগী কান্নরমদাইদা যাম্নু শিজিন্নে। মরম অসিনা সুমিৎ তরুক-তয়েংনি ঈশিং ফংব্রবসু, উটতি য়াদে। উটনা থাংতুপ কয়ামরুম অমসুং তিংথং পানবা শজিক চাতুনা মতম লেনবা ওমই। উটশিংদি ক্রোশ মথাই অমা থাপ্না লৈবা ঈশিংসু মনম্না থত্নবা ওমই।

উটকা মান্নবা তম্না অমসুং থাংবা কনবা শা অতৈ অমা উদে। মখোই অসিদি মৈ মরুম শারবা লৈঙোই মথক্তা মথং মথং সুমিৎ মাপন্নি, তরানি ফাওবা, সুমিৎ খুদিংগী ক্রোশ য়াংখৈ-হুম্ফ্ চৎলি, অমুক্তসু মমাই ওন্দে। মৈশা অকনবনা চাক্লবা মতম অতুতদদি অঙাওবগী মতৌগুম্না মহাক্কী মবুংঙোবু চিকদবগী লাক্লে।

তুরস্ক, পারস্য অমসুং মিসর লৈবাক্কী মীনা উটকী মনঙ্গন্দা অচৌ অচৌবা পোৎয়োম হাপতুনা লৈবাক লৈবাক্তা লল্লোনবা চৎলি। মতম অত্তুদা মাখোইনা উট লিশিং-লিশিং পূনশিন্দুনা শঙ্গু ফানা চৎলি। উটনা পোৎ পুবা মতমদা মপুক লৈপাক তানা কুপ্লি, অমসুং মখোঙ কোনশিন্দুনা মপুক্কী মথাদা থমই, অমসুং পোৎ হাপ্লগা মথন্তনা হোৎগংলি; মপোৎ লূপ্মল্লবদি হোৎগত্তে, অন্নাবা খোঙ্গেম্না লাও-খোংতুনা লৈ। উটপু চৎহনবগীদমক শাজেনা ফুক্রবসু য়াই; বাঁশীতা খোংলগা মাতুগী মখোল তাবদা হন্নাওনা চৎলি।

উটতি অমুক্তা মচা অমদগী হেন্না পোক্তে; চহি তরুক শুরুগা উটকী মখোক কারকপা মতম ওই, অমসুং চহি নিফু য়াংখৈ পুনশি।

---

# জনগণমন অধিনায়ক

জনগণমন অধিনায়ক জয় হে ভারতভাগ্যবিধাতা।
পঞ্জাব সিন্ধু গুজরাট মরাঠা দ্রাবিড় উৎকল বঙ্গ
বিন্ধ্য হিমাচল যমুনা গঙ্গা উচ্ছল জলধিতরঙ্গ
তব শুভ নামে জাগে, তব শুভ আশিস মাগে,
গাহে তব জয় গাঁথা।

জনগণমঙ্গলদায়ক জয় হে ভারতভাগ্যবিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয়, জয় হে॥

অহরহ তব আহ্বান প্রচারিত, শুনি' তব উদার বাণী
হিন্দু বৌদ্ধ শিখ জৈন পারসিক মুসলমান খৃস্টানী
পূরব, পশ্চিম আসে, তব সিংহাসন পাশে,
প্রেমহার হয় গাঁথা।

জনগণ-ঐক্যবিধায়ক জয় হে ভারতভাগ্যবিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয়, জয় হে॥

পতন-অভ্যুদয়-বন্ধুর পন্থা, যুগ-যুগ-ধাবিত যাত্রী—
হে চিরসারথি, তব রথচক্রে মুখরিত পথ দিনরাত্রি
দারুণ বিপ্লব-মাঝে তব শঙ্খধ্বনি বাজে
সংকটদুঃখত্রাতা।

জনগণপথপরিচায়ক জয় হে ভারতভাগ্যবিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয়, জয় হে॥

ঘোর তিমিরঘন নিবিড় নিশীথে পীড়িত মূর্ছিত দেশে
জাগ্রত ছিল তব অবিচল মঙ্গল নতনয়নে অনিমেষে।
দুঃস্বপ্নে আতঙ্কে রক্ষা করিলে অঙ্কে
স্নেহময়ী তুমি মাতা।

জনগণদুঃখত্রায়ক জয় হে ভারতভাগ্যবিধাতা॥
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয়, জয় হে॥

রাত্রি প্রভাতিল, উদিল রবিচ্ছবি পূর্ব উদয়গিরিভালে—
গাহে বিহঙ্গম পুণ্য সমীরণ নবজীবনরস ঢালে॥
তবকরুণারুণরাগে নিদ্রিত ভারত জাগে
তব চরণে নত মাথা—

জয় জয় জয় হে, জয় রাজেশ্বর ভারতভাগ্যবিধাতা
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয়, জয় হে॥

---

লোইরবা

8th Edition Copies—20,000